# ꯃꯩꯇꯩ ꯄꯨꯡꯂꯣꯟ ꯁꯩꯒꯣꯝꯕꯤ

# মৈতৈ পুংলোন

## শৈগোম্বী




ম রাজমনি

**অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিক ঃ**

১। *অশম্বা ভারতকী কাব্য কাঙলোন*, ২০০৩।

২। *মণিপুর অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতি (অহানবা শরুক)*, ২০০৫।

***Meitei Punglon Seigonnabi***

A book on Manipuri Nata Sankirtana by **Dr. Haorongbam Rajmani,** First published at Imphal by SANATHONG (A premier Manipuri monthly Magazine), 2005. Pp. XV + 185. Price Rs. 150/-










| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২০০৫ |
| লাইরিক মশীং | ঃ | ১০০০ |
| অফোঙবা | ঃ | সনথোঙ্ |
| টাইপ সেটিং | ঃ | ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোক্রাওবুং, ইম্ফাল। |
| মমল লুপা | ঃ | ১৫০ (চাম যাঙ্খৈ) |

লম্ফাংনরবা তাইবঙসিদা
জ্ঞানগী ঈরিক খিকপীদুনা
লৌশিংগী মৈরা চুখৎপিরিবা
ঐগী গুরু শৌগাইজম থানিল
পদ্মশ্রীদা কৎচবা।

# অইবা অমসুং লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং

ডাঃ হাওরোংবম রাজমনি (১৯৭১) কাছাড় জিলাগী বনতারাপুর খুঙ্গংদা পোকই। M.A. (M.U.) NET, B.Ed, Rastrabhasha Ratna (Wardha), Sahitya Ratna (Allahbad) নি। চহী ৫/৬ শুবদগী মবুধৌ অমসুং থোকচোম চুড়া সিংহদা পূং তমদুনা মথং মথং পূং অমসুং নট সঙ্কীর্ত্তণগী মমিং চৎলবা ওজা গুরু কয়া, - খুদম ওইনা ফৈরোইজম ইবোতোম্বী, গুরু থিংবাইজম বাবু, লাইশ্রম মীকোয়, কোন্সম লৈবাকমচা, সৌগাইজম থানিল (পদ্মশ্রী), থোকচোম ইবোহল, মুতুম বোকুলনচিংবদগী পূং অমসুং মরীলৈনবা ৱহৈ কয়া তমজখি। জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমিদা তমদুনা ওজা থানিলগী মখাদা পূং চোলোম, ধোল ধোলক চোলোম, মণিপুরী জগোয় অমসুং ট্রাইবেল জগোয় তমদুনা মশাগী অপাকপা অশানবা মীৎয়েং ফংখি। আসাম অমসুং মণিপুরগী মাগুপ কয়াদা পূং য়ৈবগী খুদোংচাবা ফংখি। ভারত অমসুং পৃথিবীগী মফম কয়াদা মণিপুরী সংস্কৃতিবু মশক তাক্কুরবনি।

মহাক্কী ফোগুপ্রবা লাইরিকশিংগী মনুংদা মরুওইনা পনবা য়াই ঃ 'অশম্বা ভারতকী কাব্য কাগুলোন', 'মণিপুর অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতি' (অহানবা শরুক), হন্দক খৃঃ ২০০৫ দা অহুমশুবা ওইনা ফোগুলিবা 'মৈতৈ পূংলোন শৈগোন্নবী'। অকোনবগী লাইরিক অসি শৈগোন্নবী, হায়বদি ঈশৈ অমসুং পূংগা কোন্নবা য়াম্না কান্নগদবা, রিসার্চদা, চগুশিনবা, প্রোফেসনেল প্রাক্তিস্নর অমসুং গবেষনা তৌরিবা মীশিংদা মঙাল ফংবা য়াবা অমনি। য়াওরিবা নোটেশনশিং অসি ঈশৈ অমসুং পূংগী বিদ্যাদা লমজীং অমা ওইগনি খল্লি।

মণিপুরদা লৈরিবা মীশিংগী খুম্ভোক্লোন, ইতিহাস, পাখগুবা কয়ানা চক কয়াদা পাল্লকপগী পুৱারী, শলাই তরেৎ লৈরকপগী ইতিহাস নৈনরি।

নোংচুপলোমগী গুজরাত, উত্তর প্রদেশ, বেঙ্গলনচিংবদগী হিন্দু লাইনীং শন্দোকপশিংনা লাকখিবা লাইনীং অসিগী মখল কয়াগা লিরবা সভ্যতা লৈরকপা ঈরৈবাক অসিগী মশাগী সংস্কৃতি অমসুং মগুনশিংগা সংযোগ (Synthesis) তা মণিপুরগী মঙম শেমগৎলকখি। মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণ অমসুং ক্লাসিকেল জগোয় রাস লীলাশিং অমসুং অতৈ জগোয় কয়ানা ঈনিংথৌ মথং মথংগী মতমদা চাওখৎলক্তুনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র, চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা মপূংফানা লৈবাক অসিগী মমল য়াম্লবা সংস্কৃতিগী মগুন অমসুং পূক্কে ওইরকখি। ডাঃ রাজমনিগী রিসর্চতা মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণগী ঈচেলদা মৈতৈলোনগী শৈশক সিংজমৈগী মুক্ত্যার মাগুপতা ব্রাইখোম চাউবনা ঈশৈ হন্দুনা চূড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তক ইং ১৯৩১ গী মার্চ থাদা ইহান হান্না শকখি ; অমসুং নিংথৌগী শক্তি মাঙহনখ্রবা মতুংদদি শ্রীশ্রীগোবিন্দজীগী মাগুপতসু মৈতৈলোনগী ঈশৈ কারকখি ; লোয়ননা মসিনা লৈবাক অসিগী মাগুপ কয়াদা পাক্লা-শন্না শক্লরকপগা লোয়ননা মৈতৈলোনগী ঈশৈ লাইরিক কয়া পুথোরকখি হায়বা ব্রাফম পল্লি। মসি মরুওইবা গবেষনা অমনি।

চথেরক্লিবা নট সঙ্কীর্ত্তণগী ঈচেলদা ইং ১৯৩৯ অদুব্রাইদগী ষ্টেজদা কাখত্তুনা নট সঙ্কীর্ত্তণনা মণিপুরগী সংস্কৃতি পৃথিবী শিন-থুংনা শক্তাকপগী তাঞ্জা ফংখি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা গুরু থিয়াম তরুনকুমার, য়াম্বেম মহাবীর, থিংবাইজম বাবু, তৌরাংবম নদিয়ানচিংবশিংনা মমল য়াম্লবা থৌদাং লৌখি। পূং চোলোমদা ওজা গুরু, খুদম ওইনা, চীংগাংবম অঙৌ, কোন্সম লৈবাকমচা, সৌগাইজম থানিল, থাঙ্গ বাবুমচা, শরাংথেম ইবোতোন, বোকুলজাউনচিংবগী দান পনবা য়াই।

মৈতৈশিংনা ঈশৈ জগোয়দা শীজিন্নরম্বা যন্ত্র মখল মখা কয়া করম্না শারকপা, শেম্লকপা, মতীক-মগুন হেনগৎল্লকপা গবেষনা, ডাঃ রাজমনিগী লাইরিক অসিদা শীংথারি, খন্ন-নৈনরি। মমল য়াম্লবা রিসর্চ অমনি। পূং, শেন, ধোল, ঝাল, মাঙ্গঙ, করতাল, মন্দিলা, তৌদ্রি, মোইবুং, বাঁশী,

এসরাজ, পেনা অসিনচিংবগী শক্তম-শক্তাক মখোয়গী তীক-খল নীংথিনা নৈনরি।

লাইরিক অসিদা ডাঃ রাজমনিনা মরুওইবা গবেষনা নৈনরিবা, শক্তাক্লিবা অমদি শৈশক কয়াগী সুর-ছন্দ তাক্লিবদি মহাক্কী 'শৈগোন্নবী' হায়বদি ঈশৈ অমসুং পূংগা কোন্নবা অসিনি। নোটেসনগা লোয়ননা পীরিবা রিসর্চ অসি মমল য়াম্মী। মসিনা লাইরিক অসি লম অসিদা অবদান অমনি হায়নিংঙি।

ডাঃ হাওরোংবম রাজমনি নহা ওইরিবা, অদুম্মদি ওইরগা মতীক মগুন লৈরবা রিসর্চর অমনি। মহাক্কী হোৎনমন্না মহাকপু সম্মান কয়া (Honour) তৌরবনি। ঐহাক্না থাজে, হোৎনরিবা অসিনা লেপত্রবদি মণিপুরী সংস্কৃতিগী লমদা পূক্নে ওইরক্কদবা গবেষনা লাইরিক কয়া মহাক্না দান তৌরক্কনি। মহাক্কী পুন্সি নুংশাংবা, মঙ্গল ওইবা ঈশ্বরনা পীবিসনু।

থোঙোকপম দম্বেশ্বর সিংহ
ভাইস চেয়ারমেন,
জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদমি,
ইম্ফাল।

তাং ১০।৯।২০০৫ ইং,

# অফোঙবগী ৱারোল

মণিপুরী নট সংকীর্তনগী মরমদা ইবা লাইরিক যাম্না তাঙলি। হীরম অসোমদা একাদেমীক ওইবা মওঙদা চঙশিনগদবসু যাম্না ৱাংলি। অহলশিংনা চহী কয়া চঙনা শেন্নন্নবা মৈতৈগী লন ওইরবা পূংলোন অমসুং ঈশৈ কয়া চীনবূংদা লৈরিবা খিবিকশিং অসি নোটেশন তৌদুনা ইথোক্তুনা পুথোকপা তঙাই ফদ্রি, নৎত্রগদি নোংমা-নোংমগী কাওনখিদুনা মাঙখিবা হায়বসি শোয়দ্রবনি। পান্দম অসোমদা মীৎয়েং থন্নগা ডাঃ হাওরোংবম রাজমনিনা ইবা "মৈতৈ পূংলোন শৈগোন্নবী" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি পুথোকচরি।

লাইরিক অসি ঐনা মার্চ থাদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী ৪২ শুবা চহীগী মীফমলেন কাছাড়দা য়াওবা চৎলুবা মতমদা অইবগী মফমদগী মেন্যুস্ক্রিপ্ত ওইনা লৈরিঙৈদা নৈনজবা ফংখি। অইবগা ৱাখল্লোন মান্নরম্বনা অৱাবা কয়া মায়োক্নরবসু ইনাৎপু নুংশিজবদগী পুথোকচবনি। লাইরিক অসিগী মনূংদা পূংলোন অমসুং ঈশৈতা নত্তনা নট সংকীর্তনগী খোঙহৌ-খোঙচৎকী মনূংদা মৈতৈ জাতিগী ওল্লিঙৈগী ৱারী শন্নপ্না কাঙলম্বগা লোয়ননা মৈতৈশিংনা শীজিন্নরম্বা অমসুং শীজিন্নরিবা ম্যুজিকেল ইন্সট্রুমেন্টশিংগী মরমদা শন্নপ-শন্নপ্না তাকলি। অরোইবদা লাইরিক অসিনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা ইনাৎপু নুংশিবা অমসুং নট সংকীর্তনবু পামজবা মীওইশিংদা কান্নবা খরদং পীবা ঙম্নবদি ফোঙজবগী মঁহে য়াল্লে খঙ্গনি।

লাইরিক অসি অথুবা মতমদা নমথোকপিরিবা **"ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স"** কী প্রোপ্রাইটর ইয়াম্বা ভুমেশ্বর, মেনেজর ইনাও মুনিন্দ্রো অমসুং কম্পোজিটর ইনাও লোইতোংবম কেশোরজিৎ মীতৈ অমসুং অতৈ প্রেসকী ইচিল ইনাও পূন্নমক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল তাং
২০।১০।২০০৫ ইং।

**মণীন্দ্র কোন্সম**
এডিটর, সনথোঙ্

# অইবগী ৱারোল

মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণ পাক চাউখ্রবা লুখ্রবা হীরম অমনি। চহীচা কয়া নিংথৌরোল কয়াগী হাক্তক্তা ওজা গুরু কয়ানা মতম চঙনা শেম্বীরম্লবা রাগ, সঞ্চার, তাল, তাঞ্চপ পরেং, শৈগোন্নবী পরেং, শ্লোক পূংলোন, মেল, মেনকূপ পরেংনচিংবা কয়ানি। মসিগী মথক্তা মৈতৈগী য়েলহৌঙেদগী লৈজরক্লবা শৈশক কয়াদগী সুর-ছন্দ লৌদুনা ঈশৈ কয়া অমসু শেম্বীরম্লবনি। চোলোমগী মতাংদসু শাগী শানোম-শাজৎ অমসুং ফিদুপ, উচেক্কী খোঙচৎ, লিনগী শাজৎ, থাঙগী খোঙলোন অমসুং তাগী থেঙ্গৌরোল কয়াদগী লৌথোক্তুনা থম্বীরম্বা সঙ্কীর্ত্তণ মচাক মরল কয়ামরুমসি শীংথাদুনা লোইবা নাইরোই।

অসিগুম্বা সঙ্কীর্ত্তণগী কায়াৎ কয়ামরুম অসিগী মনূংদা 'শৈগোন্নবী পরেং' হায়বা অসিসু থোইদোক্লা মরু ওইবা অমনি। মমাঙঙৈদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা 'শৈগোন্নবী পরেং' য়াম্না হৈবা সঙ্কীর্ত্তণীয়াবু মচাক য়াম্না লৈবা (ঘোট লৈবা) ওজানি হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা শৈগোন্নবী কয়ামরুম পূনশিল্লগা লাইরিক অমা ওইনা শাগৎচরি।লাইরিক অসি ঐহাক্লা মিনিষ্ট্রি ওফ হিউম্যান রিসোর্স দিবলপমেন্ট, ন্যু দিল্লীগী জুনিয়র ফেলোসিপকীদমক থাজখিবা প্রোজেক্টনি, খনবিরকখিদে। অদুবু ঐগী গুরুনা ফোলোসিপ থল্লক্রুবসু শৈগোন্নবী পরেং অসি নোটেশন তৌদুনা তমদবা য়াদে হায়দুনা অকনবা য়াথংদগী তমশিনজখি। ঐনা তমজরুবা খরগা ঐগী গুরুনা মচাক খরা পীবীবগা পূনশিন্নদুনা লাইরিক ওইনা পুথোকচবা ঙমলিবনি। মসিগী মখা তানা কাছাড়নচিংবা পূং-ঈশৈগী ওজা কয়াদগী থিজিঙরুবদা ঈশৈদি ফংলগা পূংলোন ফংদবা অমসুং মপূং ফাদবা শৈগোন্নবী পরেং কয়া অমসু লৈরি। মখা তানা অমুক্লা কৃপ্না

থিজিঞ্জরগা মথংগী খূৎনমদা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা ঈশৈগা লোয়নননা হাপচিঞ্জনবা হোৎনজগনি।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অরাম্বম রোমাবাই (লেকচরর এন. জি. মনি কোলেজ, ইম্ফাল) না নোংজু-নুংশা, অৱা-অনা থিদনা মশাগী অচিনবা কয়া কাইথোক্তুনা মতেং পাংবিখিবসিনা ঐঙোন্দা অচৌবা মতেং ওইখি। লাইরিক অসিগী মরমদা ঐগী ওজা ওয়নাম ইবোচাউবা, ওজা বি কুলচন্দ্র শর্ম্মা, মুতুৱা বহাদুর অমসুং ওজা নাওরোইবম ইন্দ্রমনিনা সজেস্‌সন কয়া পীবিরকখি। মসিমক্তা লাইরিক অসি পুথোকপদা অদুহাকনা অৱাবা ওইখিদে।

ঐগী *মৈতৈ পূংলোন শৈগোন্নবী* হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ অমনীদং ইবিয়ু হায়জরুবদা তরাম-তরাম্না অথুবা মতমদা ইবিরক্লিবা ওজা লৈমপোকপম দামোদর, ভাইস চেয়ারমেন জে. এন. মণিপুর ডান্স একাদমিবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি লোয়নননা সনথোঙগী ইদিটর ঐগী ইয়াম্বা মণীন্দ্র কোন্সম্না ফোঙদোকপীরগে হায়দুনা ফোঙবগী দায়িত্ব পূম্নমক লৌবিখি। মসিগীদমক মতম লৈবা খিবীক্তা ঐগী ইয়াম্বা মণীন্দ্র কোন্সমবু কাওজরোই।

ইম্ফাল, সেপ্টেম্বর ২০, ২০০৫ হাওরোংবম রাজমনি

# হীরম লামায়

# (ক)

# ব্রাহৈদোক

## ১। মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণগী খোঙহৌ-খোঙচৎ

মণিপুর হায়না খঙনরিবা লৈবাক অসিদা ঙল্লিঙৈ মতমদগী জাতি অসিনা চহীচা কয়াগী পরীংদা তাংথক নাইনা নোংপোকলোমদগী খুম্ব্বোরকখিবা ঙক্তনি হায়বা য়াই। লৈবাক অসিদা খুন্দারিবা মীওইশিংনা ব্রাখল মপূং ফানা খম্ববা ঙল্লবা মতম (খরা থেংথরক্লবা মতম) দগীদি খুন্দা লৈতারোলগী ব্রারী ব্রাখুন পীবদা হক্কো মরিগী মতম খায়দোক্লম্মী। মদুদি — (১) 'ক' হক্কো, (২) 'থোই' হক্কো, (৩) 'তয়ো' হক্কো অমসুং (৪) 'পোই' হক্কো। হায়রিবা হক্কো মরি অসিগী মনুংদা তাইবংপানবা অসিদা লৈরিবা লেংলি-পাল্লিবা অচৎ-চত্তা শা-ঙা, নাপী-শীংবী পূম্বা শেম্লকপগা লোয়ননা তাইবং মী ফাওবা পোক্লবা-শাৎলকপগী ব্রারী পল্লি।[১] হক্কো মরি অসিগী মতুংদা চক মরি অমুক খায়দোক্লি। মদুদি (১) হয়িচক, (২) হয়াচক, (৩) খুনুংচক অমসুং (৪) লাংবচক।[২] অদুগা চক মরি অসিগী মখায়দোক খেন্নবসু লৈরি। মদুদি — (১) হয়িচক, (২) হয়াচক, (৩) লাংবচক অমসুং (৪) কোন্নচক। মথক্কী চক মরি অসিগী মনুংদা তোঙান-তোঙানবা পাখঙবশিংনা লৈবাক অসিদা পাল্লম্বগী ব্রাফম থেংনরি। মদুদি হয়িচক্তা পাখঙ য়োইরেন তোনপোকপা (লৈনুং লোঞ্জা অরিবা পাখঙবা নৎত্রগা লোইনাই পাখঙবা) হায়নসু খঙনৈ, মাগী লোয়নবীনা লৈওই-নোংওইবীনি। হয়াচক্তা তাংজা লিল্লা পাখঙবনি, মাগী লোয়নবীনা হঙোই শেন্দেং নূরাবীনি। খুনুংচক্তা সেম্রেং লোলাং পাখঙবনি, মাগী লোয়নবীনা য়াইবী লৈমনি। লাংবচক্তা নোংদা লাইরেন পাখঙবনি, মাগী লোয়নবীনা লাইস্নানি।[৩] মণিপুরদা লাংবচক্কী মতম নোংদা লাইরেন পাখঙবনা পানবা মতমদগীদি ইতিহাসকী মশক অমা অদুক হাক্লা ময়েক শেংদ্রবসু অয়াম্বা মায়চৌশিংনা শাগৎনরি।

ঙল্লিঁৈঙে মতমগী মণিপুরদা চোইনা-চোইনা খুন্দারম্না তম্মী কাঙলূপশিংদি - ৱাংঙম (নিংথৌজা), নোংবান (অঙোম), নুংবান (লুৱাং), খাবা ঙানবা, হাওরোক কোন্থৌ, মানতিং মোরা, লেরা খোংনাং, থাঙঙা কমবোং, লোকখু লোকহল, হৈরেম খুঞ্জাল, লোকখা হাওখা, অদোন নোংয়াই (খূমন), লানবী সনসেন, কেগে ঙাংঙোই (মোইরাং), ককলা হেমচেং, কমবোং লোকখু, সেল্লোই লংমাই, হূইতৌ, মঙাং, উরোক উসাই (নোংসা), খুয়োন মোয়োন, নোংবান ফান্তেক, খেন্দে চাইরেল, খ্বাং মুৱাং, থাঙ্গাল মাখাল, তেংতৈ মুংচা, থোপসেন ঙাসেল, থাঙ্গা ঙাইখোং, খুনবী লোনলাং, চকপা হেমচেং পনবা য়াবা মীওই কাঙলূপশিংনি।[৪] হায়রিবা কাঙলূপশিং অসি মখোয় মশেল মরক্তা অমগা অমগা পাঙ্গল চাংয়েংনরক্লুনা মুক্নরকপদগী মপাঙ্গল শোনবা কাঙলূপ কয়া চীংগী লমদা কাখিদুনা চীংমী ওনখিবা অমসুং অকনবা অচৌবা কাঙলূপ্তা অপীকপা কাঙলূপশিংনা মথং-মথং পূনশিন-তিনশিনখিদুনা মপূং ওইবা কাঙলূপ তরেত্তা য়েক নৎত্রগা সলাই তরেৎ হায়দুনা মাগী মাগী অকক্লবা লমখৈ অমমমদা খুন্দা লৈতাদুনা করিগুম্বদা য়েক্লবা ওইনা অমসুং মরূপ ওইনা লৈনরম্মী। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি সলাই তরেত্তগী সলাই মাপন শুরকপগী মরমদি (১) অঙোম, (২) নিংথৌজা, (৩) লুৱাং, (৪) খূমন, (৫) মোইরাং মঙা অসি নত্তবা লেমহৌরিবা 'খাবা-ঙানবা' অমদি 'চেংলৈ' হায়বা সলাই অনী অসিনা অমুক সলাই অনী অনী থোক্লা খায়দোক্লুনা হায়বদি 'খাবা-ঙানবা' না 'খাবা' অমসুং 'ঙানবা' হায়দুনা তোপ্পা তোপ্পা কাঙলূপ অমমম ওইরম্মী। অদুগা 'চেংলৈ' না 'হাওরোক কোন্থৌ' অমসুং 'সরাং-লৈসাংথেম' হায়দুনা কাঙলূপ অমমম খায়দোক্লুনা হান্নগী মপূং ওইবা সলাই তরেৎকী মথক্তা সলাই অনী হেনগৎলক্লুনা পূন্না সলাই মাপন ওইরগা 'য়েক তরেৎ সলাই মাপন' হায়না মৈতৈশিংনা হায়নৈ। 'খাবা-ঙানবা' হায়রিবা সলাই অসি খৃষ্টগী মঙাশুবা চহীচা মৈদিংঙু নাউফংবগী হাক্তক্তা হেনগৎলকখিবনি।[৫]

ঙল্লিঁৈঙে মতমদগী হৌনা মণিপুরগা নোংচুপ মায়কৈগী মীওইশিংগা শম্নরকই। খৃষ্টগী অহানবা চহীচাগী মতমদা খন্নাংবনা তখেল (ত্রিপুরা) লৈবাক্তা য়োং থিবা চৎলুবগী হল্লকপদা তখেল নিঙোল কালিকাবু মাগী নুপী ওইনা পুরকখি। মখোয়না মণিপুরদা মোইবূং পুশিল্লকখিবগী ৱারম অরিবা লাইরিকশিংদা পল্লগ্নি।[৬]

মৈদিংঙু নাওফংব (খৃষ্ট ৪২৮-৫১৮) গী মতমদা নোংচুপলোমদগী লম্বোইবা অমা ল্বাক্তুনা মৈতৈগী চৎনবী হোংহন্নবা হোৎনরম্মি।[৭] মৈদিংঙু খুমোম্বা (১২৬৩-৭৮), মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবা (১৩০২-২৪), মৈদিংঙু কোংয়াম্বা (১৩২৮-৩৫) গী মতমদা নোংচুপ লমদগী মীওই কয়া থোরকখি। মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবগী অহুমশুবী নৈমা য়িমখু চনুনা পোকপা ক্বাকপা থৱানথাবনা ময়াং নিঙোল চীংঙুরেম্বী লৌই। চীংঙুরেম্বীবু মপাম লমদম (ঙসিগী নোর্থ কাছাড়গী লমদম) দগী থিল্লকপদা তন্নকখিবা অওঙ-অউনশিংগা লোয়ননা মনাই মশন কয়া অমসু লাকখি। মখোয় অদুনা মাগী মাগী শীনফমগী মতুং ইন্না মৈতৈ য়ূম্লাকশিংদা চংহন্দুনা মণিপুরদা খুন্দা লৈতাহনখি।[৮]

মৈদিংঙু কিয়াম্বা (১৪৬৭-১৫০৮), মৈদিংঙু চলাম্বা (১৫৪৫-১৫৬২), মৈদিংঙু মুংয়াম্বা (১৫৬২-১৫৯৭), মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২), মৈদিংঙু পাইখোম্বা (১৬৬৬-১৬৯৭) নচিংবগী মতমদা গুজরাত, উত্তর প্রদেশ, বেঙ্গলগী কালিগ্রাম অমদি নবদ্বিপ, শ্রীহট্টনচিংবা মফমদগী ব্রাহ্মণ কয়া মণিপুরদা চঙলকখ্রবসু মখোয়না লৈবাক অসিদা হিন্দু লাইনীং শন্দোকপদি ঙমখিদে। অদুবু 'বিষ্ণুপুরাণ' অমসুং *বিজয় পঞ্চালী* দা কিয়াম্বগী মতমদা পোং নিংথৌনা বিষ্ণুচক্র পীরক্তুনা চক্র অদুবু বিষ্ণুপুরদা ফূরা শাদুনা লাত্তুনা আরতিনচিংবা কৎপা হৌরকখিবদগী মণিপুরদা সঙ্কীর্ত্তণগী মরু হুনখি হায়বগী ৱাফম তোয়না থেংনরি। মতাং অসিদা নৈনবা য়াবদি "বিষ্ণুপুর" হায়বা মফম অসি মৈদিংঙু কিয়াম্বগী মতমদা বিষ্ণুপুর কৌরমদে। লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌরকখিবসি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগীনি হায়বসি *শামু ফাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ* হায়বা লাইরিক্তা অসূম্না ইরি ঃ

> লোইয়া মতাইমা খূরোই হাওরা লমলাংতোং খোইমোম লাইমিংখু .কূমনরম, চীংঙ লাইৱাংলা তানালমতা পোইঁরে লৈপাক পূম্না তিন্ন কোনুং চাওকোই শেমনা অসুমনা পোইঁরে লৈপাক লিংখৎলরবদা ... চীংঙু মরনকু খোইমোম মথৌজানগী পোইঁরে মরাং হৌ, ৱাংঙম মথি নাইরকলে। কোনুং মমিংথোংবু বিষ্ণুপুর হায়না কোলোই মমিং থোল্লে।[৯]

অদুগা বিষ্ণুপুরদা লৈরিবা বিষ্ণুগী ফূরা অসিসু আর্কিওলোজিষ্টশিংনা চরাইরোংবগী মতমদা শারম্বনি হায়না অসূম্না মোত পীরি ঃ

> We find that it was during the period of Charairongba (1697-1709 A.D.) which marked the beginning of Temple construction in Manipur ... Further, King Kiyamba was not formally initiated into Vaishnavism. Actually the Vishnu worship and the Vishnu cult attained popularity first during the time of Charairongba.[১০]

অতোপ্পা অমনা পণ্ডিত বি. কুলচন্দ্র শর্ম্মা অমসুং ডা: থোকচোম অত্তৌ অনীনদি বিষ্ণুপুরদা লৈরিবা ফূরা অসিগী ষ্ট্রকচর মেটরিয়েলস অমদি লমসিগী এনভাইরোনমেন্ট অমসুং ইকোলোজিনচিংবা য়েংবদা অমসুং নৈনবদগী মহারাজ ভাগ্যাচন্দ্রগী মতমদগী ঙনখৎনা লৌবা ঙমদে হায়না মোত পীরি। অদুনা ঐখোয়না 'বিষ্ণুপুরাণ' অমসুং *বিজয় পঞ্চালি* দা পল্লম্লিবা ৱাফম কয়াশিং অসি খন্ননীংঙাই ওইরি। অমরোমদা, *চৈথারোল কুম্বাবা* দা কিয়াম্বদা পোং নিংথৌনা বিষ্ণু চক্র পীরকখিবগী ৱাফম পল্লম্বগী মহুত্তা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী মতমদা 'য়াই' ওইনা পীরম্বগী ৱাফম ওইনা পল্লম্বা থেংনৈ।

> ইঙেন থা থা অহন নোংদা পোং নিংথৌ খেখোম্বগী য়াইবু নিংথেমগা পোং নিংথৌগা কুচুদা ফম্মিন্নবদা পীএ।[১১]

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লৈবাক অসিদা লৈরম্বা ব্রাহ্মণশিং হুম্বা থাক্তা লৈহন্দুনা লৈবাক্কী ওইনা চহীগী পাঙথোকপা কুম্ভে-ফিয়োং অমদি মশান্ননচিংবদা য়াওহল্লমদবগী মরমদা অসূম্না ইরি ঃ

> ব্রাহ্মণশিংনা মৈতৈ সমাজদা ফংলিবা থাক অসি য়াম্না নেল্লম্মী। কৈ, লোই অমসুং নাই কাংলুপশিংগা থাক মান্নদা লৈরম্মী। পানা কাংজৈ পানা হিয়াঙ লমজেননচিংবা মৈতৈ লৈপাক্কী পানা থোকপা, চহিগী ওইবা মশান্না মী কাংলুপ হাঙ্গবা সমাজগী থাক্ অদুদা ব্রাহ্মণশিং অসি কাখৎপা ঙমদ্রি।[১২]

মৈদিংঙু অসিগী হাক্তক্তা ব্রহ্মণশিংনা থা অমা চুপ্পা খোল য়েদুনা বিষ্ণুদা কীর্ত্তণ কৎখি হায়বা ৱাফমশিং 'নোংচুপ হারমলোন', 'বামোন খুম্বোক্রোন', 'অরিবম শাগৈ য়ুমদাবা পূয়া' নচিংবদা পল্লম্লি। অদুবু 'খোল' হায়রিবা পূং মখল

অসি মণিপুরদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা চঙলকপনি হায়না সুরচান্দ শর্ম্মনা মাগী *মৈতৈ জগোয়* লাইরিক্তা পল্লম্লিবসিনদি মথক্কী ব্রাফম অসি চানবা ব্রাৎলি। অদুন্নমক মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তক্তা থোকখিবা শানোংবগী লান্দা ফাহৌবা মুসলমান লানফা কয়াবু শীনফমগা চানবা য়ুম্নাক পীদুনা খুন্দা লৈতাহনখিবতা নত্তনা মখোয়গী 'লোয়শঙ' ফাওবা লিংখৎখিবা, অদুগা নোংচুপলোমদগী লৈবাক অসিদা লাকখিবা ব্রাহ্মণ অমদি অঁতৈ মীওইশিংগা শূৎশম্নদুনা 'লাইরিক য়েংবা লোয়শঙ' অমসুং 'ক্ষেত্রি লোয়শঙ' লিংখত্তুনা লৈবাক অসিদা লাইরিক ইবা, ব্রারী লীবা, লাইরিক হায়বা থীবনচিংবা হৌদোকহল্লকখিদুনা মণিপুরী জাতিগী সংস্কৃতিদা অনৌবা মচৎ-মনাৎ কয়া অমা হাপচিল্লকখি হায়বসিমদি শেংলে।[১৩]

মণিপুরদা ১৮ শুবা চহীচা হৌগৎলকপা মতমদগী হিন্দু লাইনীংগী অনৌবা ময়োল চোংলকখি। মৈদিংঙু চরাইরোংবনা ১৭০৪ দা রায় বনমালি কৌবা ব্রাহ্মণ অমদা লাইমিং লৌখি। অদুগা ১৭০৭ দা কালিকাগী কিয়োং (লাইশঙ) শাবনচিংবা হৌদুনা লৈবাক অসিদা হিন্দু লাইনীংগী মমি তমখি। অদুবু অশিবগী মথৌ-মঙম তৌবদি মৈতৈনা হান্নদগী পাঙথোক্লরকখিবা উক্রোং হোংবগী থৌরম (হায়বদি শিপ্রবা মীগী চহী ফারকপগী মথৌ মঙম) ওইনা পাঙথোক্লরম্মি।[১৪]

মৈদিংঙু গরিবনিব্রাজগী মতমদা মৈতৈগী মরক্তদি হিন্দু লাইনীংগী মপাল-মরা শন্দোরকখি। মৈতৈগী হান্নগী চৎনবী লমচৎ-শাজৎ, চাক-য়িথক পূম্নমক হোংদোকহল্লকখি। শা চারম্বা, য়ু থক্লম্বা, ঙানু-খুনু, ওক-য়েন লোইনরম্বনচিংবা ঙম্না থিংদুনা মৈতৈগী অনৌবা সংস্কৃতিগী মশক অমা শাগৎপা হৌরকখি। মৈতৈগী উমংলাই লাইনিংথৌ নোংশাবা, য়িমথৈ লাই, পাহ্নোইবী, তাইবং খাইবা লাইনচিংবদা বামোন চঙহন্দুনা ঈরাৎপা হৌহল্লম্মী।[১৫] মী শিরগা পোৎলোইবদা মৈগী পোৎলোই চৎনহনবা হৌদোকখি। লৈবাক্কী ব্রায়েন থৌদাগীদমক যুবরাজ, সেনাপতি, মন্ত্রী, কম্বান হায়বনচিংবা ফম কয়ামুক নোংচুপলোমগী মমিং লৌদুনা হাপ্পসু হৌরকখি। হিন্দুগী ওইবা লাইরিকশিং পুশিল্লক্তুনা মৈতৈলোন্দা ইথোকহনবগী থবকসু পায়খৎলম্মী। সনা হাক্তক্তা অসিগী মনূং খৃ: ১৭৪৬ গী

ইঙেন ২৪ নি য়ুমশকৈশদা শিজ খূরাই লৈমা পূন্যবতী কুমওন শকই হায়না *চৈথারোল কুম্বাবা* দা ইরি। মসি মৈতৈনা ঙসি দেব-কর্ম্মদা শক-শোন্নরিবা সঙ্কীর্ত্তণ হৌদোকখিবগী মশক অমা ওইরম্বা য়াই। অদুগা অমুক জয়শ্রী ভরত সাইনা ১৭৫২ দা মপা ইবুংঙো গরিবনিৱাজগী লূ (অষ্ঠি) লৌবা তোম্ফাং হিদেন্দা চৎপা মতমদা নাম সঙ্কীর্ত্তণ শকখি[১৬] হায়বা ৱাফম থেংনরিবনিনা লৈবাক অসিদা সঙ্কীর্ত্তণগী মচৎ পরীং অমদি মতমদুদগী হৌগৎলকখ্রে হায়বা য়ারে।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ (১৭৫৯-৬১) না পাল্লকপগা ইকান কান্নদনা মোইরাং নিংথৌ খেল্লে নুংনাং তেলহৈবনা অৱাগা লৌতুনরগা লান হৌরক্তুনা লৈবাক কাং-খোং চাইখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ লৈবাক থাদোক্তুনা কাছাড় নিংথৌগা লোয়ননা অহোম নিংথৌ স্বর্গদেব (রাজেশ্বর) গী মফমদা চঙজখি। মদুদা অহোম নিংথৌনা নিংথৌ অনীবু ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা মীওই ৭০০ না শরুক য়াবা 'ভাউনা' *(বৈষ্ণবশিংগী চৎনরকপা নাটাগী মশক লৌবা কুম্মৈ অমা)* উৎখি। মদুনা ভাগ্যচন্দ্রদা অকনবা মমি অমা তারকখিবনা মতুংদা মণিপুরী জগোই রাস হৌদোরকখিবগী অকনবা ঈথিল অমা ওইখি।[১৭] অসূম্না তেখাও নিংথৌদা চঙজবগা লোয়ননা ময়াম্বুং গৌরশ্যামগী মজাইবেম্মা ফোংদা লোকপী (কুরঙ্গনয়নী) বু তেখাও নিংথৌদা থাজখি। মতম খরা লৈরগা তেখাও নিংথৌগী মতেংগা লোয়ননা মণিপুরদগী অৱা তাম্থোক্তুনা অমুক হন্না মণিপুরদা ফম্বাল তোংখি। অদুগা খৃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ থাদা কাঞ্চিপুরদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌদুনা নুমিৎ মঙানি চূপ্পা রাসমণ্ডলদা রাস শান্নখি। রাস অসিগী নিপা পালাদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মশামক্লা পূং থোনখি, ওজা প্রেমানন্দনা থৌগল তুংইল্লি, মতোন ইবুংঙো ভৌৱাম শাইনা ঈশৈ হল্লি, মতোন ইবুংঙো ধরশাইনা দুহার চত্তুনা নট সঙ্কীর্ত্তণ হৌদোকখি।[১৮] অসূম্না নট সঙ্কীর্ত্তণ হৌদোকখিবগা খুরাই পালা, ৱাংখৈ পালা, য়াইস্কুল পালা, খ্বাই পালা অমসুং সেবক পালা, থোরক্তুনা হৌজিক উরিবা পূং অমসুং করতালগী মশক অসি ঐখোয়না থেংনরিবসিনি।[১৯] অদুগা 'বঙ্গদেশ পালা' নৎত্রগা 'অরিবা পালা' অসি মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রগী মমাঙদগী লৈরক্লম্বা তারবসু পাক-শন্না মিংথোল পীদুনা খঙনরকপদি মৈদিংঙু অসিগী সনা হাক্তক্তগী ওইরম্বা য়াই। মরমদি 'পালা' হায়বা ৱাহৈ অসি

ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা আসামদগী চঙলক্লমগনি হায়বসি থাজনীংঙাই ওই। মসিগী মমাঙদা 'পালা' হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নরম্বা মরী-লৈনবা লাইরিকশিংদা পল্লম্বা থেংনদ্রি। অদুগা বঙ্গদেশ পালাগী পূং ঈশৈগী ওজা অয়াম্বা ভাগ্যচন্দ্র মতমগী ঙাক্তনি। সনা হাক্তক অসিদা মজাইবেম্মা বিম্বাবতীনা ঈশৈ হলহন্দুনা "রাসেশ্বরী পালা" (নুপী পালা) হৌদোকখিবা অমসুং হোলি শকপা চৎনরম্বগী ৱাফম *চৈথারোল কুম্বাবাদা* পল্লম্বা থেংনৈ।[20] মহারাজ অসিগী মতমদা বঙ্গদেশ পালাগী পূং অমসুং ঈশৈ ওজাশিং খরদং পনবা তারবদি পূংদা-ধনিরাম, লাংলেন হনবা, কীর্ত্তনারূপা, কীর্ত্তনারাধা, তেনসুবা, ঈশৈদা – কোন্থৌজম লৈবাক মচা, রূপানন্দ, স্বরূপানন্দ, প্রেমানন্দ অসিনচিংবনি। নট পালা ওজাশিংনা পূংদা শ্রীগোবিন্দজীউ, ইনিংথৌ মশামক, হুইরোংবম রামানন্দ, য়েংখোম রুদ্র, সিনাম ইন্দ্র, ঈশৈদা – চৈতন্য, রসানন্দ, অসিনচিংবনি। মখোয়শিং অসি সনা কোনুংগী 'হঞ্জবা' 'হিদং' ঙাক্তনি অমসুং মখোয়না পূং অমসুং ঈশৈগী রাগ, সঞ্চার, তালনচিংবা কয়ামরুম শেম্বীরম্মী লোয়নননা 'মহাধুমেল' গী পূংলোন ওজা কয়া তান্নদুনা শেন্নগা গোবিন্দ কৎপা ঙস্লমদনা রাজর্ষি নোঙ্গাখি। মার্জিৎ মহারাজগী মতমদা 'নিত্যাই ধুমেল' শেম্বীরম্মী। মসিগী মতুংদগীদি তুংদু-লৈতানা মণিপুরদা নিংথৌ পানবা ঙমদদুনা ময়াং লৈবাক কাছাড়দা মণিপুরগী নিংথৌ মচা কয়া প্রজাশিংগা লোয়নননা লাঞ্জেনখ্রগা কাছাড় লৈবাক খূদুম চন্দুনা শরূক অহুম থোক্লা খায়দোক্লুনা গুমরা, ঝাপিরবন্দ অমসুং ডুঙ্গুরীরপার হায়রিবা মফমশিংসিদা মথংশীৎনা গম্ভীর সিংহ, মার্জিৎ অমসুং চৌরজিৎনা নিংথৌ পান্দুনা লৈরম্মী।[21] কাছাড়দা মৈতৈশিংনা খুন্দাবা হৌখিবসি থৌদোক অসিগী মমাঙদগী লৈরক্লম্বা তারবসু মরুওইনা মতম অসিদগী পাক-শন্না তংদু লৈতানা খুন্দাখিবা হৌখিবনি। মতমসিদা মার্জিৎ মহারাজনা ঝাপিরবন্দদা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা মহা সঙ্কীর্ত্তণ তৌদুনা 'নিত্যাই ধুমেন' কৎলম্বগী ৱারী হৌজিক ফাওবা ঝাপিরবন্দগী অহলশিংনা ৱারীনরি। গম্ভীর সিংহনা খৃষ্ট১৮২৫ দা মণিপুরদা অমুক হঞ্জিন্দুনা নিংথৌ ওইরকপদগীদি নট সঙ্কীর্ত্তণগী লমদা অমুক খৃগাং চাওশিল্লম্মী। ইনিংথৌ মশামক পূংয়েবা অমা ওইবগা লোয়নননা 'ঢপ কীর্ত্তণ' অমসুং কাং চিংবা হৌদোক্লুনা জয়দেব চোংবা খূবাক ঈশৈনচিংবা হৌদোকপীখি। নিংথেম পীশক চন্দ্রকীর্ত্তিনা

অঙাং ওইনা নিংথৌ ওইবা মতমদা 'নাম পালা' লিংখৎখি। নরসিংহ মহরাজগী মতমদা 'গৌর ধুমেল' নচিংবা পূংলোন কয়ামরুম রাগ, তাল, শেম্বীরম্বগা লোয়ননা ঝুলোন পালা, গৌর লীলা, শনশেনবা হৌদোকপীরম্মী। সনা হাক্তক অসিদা হৌজিক ঐখোয়না উরিবা ফৈজোম নামৈ লৈনা য়েপ্না, খ্বাঙয়েৎ চেৎনা ফাবা, কোয়েৎ, করতাল মরী অশাংবা অসিনচিংবা শীজিন্নবা হৌদোকখি।[২২]

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা মণিপুরদা অমুক হন্না ফম্বাল লাংদুনা পানবা মতমসি নট সঙ্কীর্ত্তণগী সনাদা তম্ফা থিনবা যুগ হায়বদু ওইখি। হাক্তকসিদা 'পালাহন', 'পালানহা', 'লম্বোইবা পালা' লোয়ননা 'লাইরেম্বী ধুমেল', 'মেল তরানিথোই', মেলগী চোলোম অচুম্বা অমসুং অরৈবী, রাগ, তাল, তাকপ পরেং শৈগোন্নবী পূংলোন অমসুং শৈগোন্নদবী পূংলোন অসিনচিংবা কয়া পুথোকখি। মতমসিদা লৈরম্বা ওজাশিংদি পূংদা—যদুনাথ, নোংথোম্বা মরৈ, চূড়া, বাচস্পতি হঞ্জবা, ঈশৈ অমসুং চোলোমদা—সোরোকখাইবম সেঙ্গুম্বা অমসুং হাওরোকচম শামু পানবা য়াই। সনা হাক্তক অসিদা মণিপুরদা নট সঙ্কীর্ত্তণগী মনূংদা লুহোংবা অমসুং অষ্ঠি সঞ্চয়গী সঙ্কীর্ত্তণগী থৌরমদা নিংথৌনা অঙম অথৌ ময়ামদা হায়জবদগী নিংথৌগী লুহোংবগী থৌরমদা নত্তনা মীচম প্রজাশিংগী লুহোংবগী থৌরমদা মোইবূং য়াওহন্দবা হায়দুনা য়ানখি।[২৩] অদুবু মসি কাছাড় লমদম য়ৌরকখিবদি ঙমখিদে। মৈদিংঙু সুরচন্দ্রগী মতমদসু তালনচিংবা পূংলোন পুথোক্লমদবসু নত্তে। মসিগী মতুং ব্রিটিশনা মণিপুর লৌশিল্লবা, চূড়াচান্দ মহারাজনা পানবা মতমদা নট সঙ্কীর্ত্তণ মশক হম্বুরম্বা নত্তে। মতমসিদা ওজা কয়ানা অমসুং মখোয়গী সেবক কয়া তাল ফাংনহন্দুনা চাউখৎনবা তৌহনখি। সনা হাক্তক্তা কাছাড় লমদমদসু মশক নাইবা পূং, ঈশৈ, দুহারগী ওজাশিং লৈরমদবা নত্তে। খরদং পল্লবদা পূংদা-হাওরোংবম মদনা বাবু, হাওরোংবম তোম্বী, মৈস্নাম নিত্যাই সিংহ, মৈস্নাম কুমারধন, জয়পুর থোইরেন, কৃষ্ণপুর তোনসিং, মতুম কোইরেং, চান্দপুর কামো অসিনচিংবা, ঈশৈদা-রাণীপুর তোনজৌ, ওইনাম কোইরেং, পাউনম চূড়াসিং অসিনচিংবা, দুহারদা-কাব্রবম কামিনি, ব্রাহেংবম দেবেন্দ্র, লুক্রাম শকথি, গোপী শর্ম্মা পনবা য়াই। মহারাজ অসিনা ললাংদা কীর্ত্তণ কৎপা লাকপদা মরুওইবা ওজাশিং খনগৎপদা পূংদা হাওরোংবম মদনা বাবু, হাওরোংবম তোম্বী, ঈশৈদা ওইনাম কোইরেং, দুহারদা লুক্রাম শকথি অসিনচিংবা সঙ্কীর্ত্তণদা শরুক য়াহল্লম্মী।[২৪] অদুগা কছাড়গী সঙ্কীর্ত্তণগী ওজাশিং অসিবু নিংথৌনা পেল্লদুনা মনা পীরম্বগী ব্রাফম *চৈথারোল কুম্বাবাদা* পল্লম্মী।[২৫] অসিতসু নত্তনা হাওরোংবম মদনা বাবু, হাওরোংবম তোম্বীনা লুচিংলগা মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণবু মীতোপশিংদা মরুওইনা বেঙ্গলীশিংদা

তম্নীদুনা শন্দোকখি [২৬] অমসুং য়াম্না পাম্না শ্রাদ্ধ লাই-তিনগী থৌরমদা মখোয়সু পাঙথোক্লরম্মী। ত্রিপুরা লমদমদসু সঙ্কীর্ত্তণবু অদুক্কী মতিক পাম্না তৌনরম্মী। ফল ওইনা মখোয়না মেন তরানিথোইগী পূলোনবু *মৃদঙ্গ লহরী* হায়দুনা মহারাজকুমার হেমন্ত কিশোর দেব বর্ম্মন বি.এ. বাহাদুরনা ১৩৫২ ত্রিপুরাব্দদা লাইরিক ওইনা ছাপা নমদুনা পুথোক্লকখি।[২৭] ইনিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা মণিপুরদসু থোইদোক্লা ফাওরম্বা ওজাশিং খরদং পল্লবদি পূংদা – লাইশ্রম অপাবী, নাওরেম ধ্বজ, চবুংবম চাউবা, নোংমাইথেম ব্রজবিধু (পূং, খোল অমসুং পাখোৱাজ অহুম্মক হৈবা), লৈচোনবম কোইরেং অসিনচিংবা, ঈশৈদা-য়ুম্নাম নাতুম, ইবোমচা শর্ম্ম (অভিরাম শাবা), কালিদমণ অসিনচিংবা, দুহারদা-চুংখাম থম্বালঙৌ, থাংজম চাউবা, মাইবম ইবুংঙোহল অসিনচিংবা পনবা য়াই।

মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণগী চেন্থরক্লিবা ঈচেলদা মৈতৈলোনগী শৈশক-শৈরোন অসি শিংজমৈগী মুক্ত্যার মাঙবতা ৱাইখোম চাউবনা ঈশৈ হন্দুনা চূড়াচান্দ মহারাজ সনা হাক্তক ১৯৩১ গী মার্চ থাদা উখিবসিনা অহানবনি।[২৮] অদুগা নিংথৌগী শক্তি মাঙহনখ্রবা মতমদগীদি শ্রীশ্রীগোবিন্দগী মাঙবতসু মৈতৈরোনগী ঈশৈ কারকখি। অসূম্না মৈতৈরোন্না পাক-শন্না শক-শোন্নরকপগা লোয়ননা মৈতৈরোনগী ঈশৈ লাইরিকনচিংবা পুথোরকখি।

চত্থরক্লিবা নট সঙ্কীর্ত্তণগী ঈচেল অসিদা খৃষ্ট ১৯৩৯ গী অদুৱাইদগীদি ষ্টেজদা কাখত্তুনা পৃথিবী শীন থুংনা সঙ্কীর্ত্তণনা মণিপুরী জাতিগী শক্তাকপগী তাঞ্জা অমা ফংলকখি। নট সঙ্কীর্ত্তণনা পৃথিবীগী মীয়ামদা মণিপুরী জাতিবু শক্তাকপগী লমদা থোইদোকপা থৌদাং লৌখিবা পূংগী ওজা খরদং পল্লবদি - জগোইগী লমদসু থোইদোক্লা শক্লাইরবা গুরু থিয়াম তরুনকুমার অমসুং য়াম্লেম মহাবীর অনীনা ভারতকী জগোইগী শক্লাইরবা কলাকার উদয়শঙ্করগা লোয়ননা খৃষ্ট ১৯৩৯ দা আমেরিকাদা চত্তুনা পূং চোলোম উৎলুবসিনা পৃথিবীগী মীয়ামদা পূং চোলোমগী অহানবা মায়খূম হাংদোকপনি। গুরু অনীসিগী মতুং তারকপদা গুরু থিংবাইজম বাবু অমসুং তৌরাংবম নদিয়া (পূং অমসুং জগোইদা শকখঙলবা) ওজা অনীনা ভারতকী মফম কয়াদা নাইতোম নাইতোম ওইনা

য়েরস্বদগী খৃষ্ট ১৯৬০ গী অদুবাইদা রুসিয়াদা অমুক পুং চোলোমগী অনীরকশুবা মায়খুম হাংদোকখি। অসুম্না পুং চোলোমদা মীওই অমা নৎত্রগা অনীতনা য়েরস্বদগী খৃষ্ট ১৯৭০ অদুবাইদগী খুরাইদা লৈবা ওজা চীংগাংবম অঙৌনা পুং ময়াম (গ্রুপ ওইনা) য়েবা ভারতকী কোচিন-কোয়া য়ৌনা শন্দোকপা হৌরকখি।[২৯] মসিগী মতুংদগীদি গুরু কোন্সম লৈবাক মচা, গুরু শৌগাইজম থানিল (পদ্মশ্রী), নিপামচা, থাঙ্গ বাবুমচা, শরাংথেম ইবোতোন, গুরু থোকচোম ইবোহল, বোকুলজাউনচিংবা কয়ামরুম পনবা য়াই।[৩০] খৃষ্ট ১৯৮০ গী মতুংদগী মথক্তা পনখিবা গুরুশিং অসিগী লমজিং লমতাক মতুংইন্না পৃথিবীগী কোচিন-কোয়া শীনবা থুংনা পুং চোলোম উৎপা হৌরকখি অমসুং পৃথিবী মীয়াম্না পাম্নরকখি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমদি পুং য়েবমক নৎত্রবসু পৃথিবীগী মীয়ামদা মণিপুরী সংস্কৃতিবু শক্তাকপগী অচৌবা থৌদাং লৌরিবা মীওইদি ইস্কোনগী ভক্তিস্বরুপ দামোদর অমসুং থিয়েটরগী লমদা শক্লাইরবা রতন থিয়াম পনবা য়াই।

**মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিং ঃ**

১। *পোৎশঙবম শাগৈগী মৈহৌবরোল* (ইম্ফাল : পোৎশঙবম শাগৈ অপূনবা লূপ, ২০০৪), লা: ৪,৫।

২। থোঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা), *খুনুং লিচৎ শাজৎ* (ইম্ফাল : শ্রীথোঙাম মাধব সিংহ, ১৯৭০) লা: ২৯।

৩। ডা: হাওরোংবম রাজমনি, *মণিপুর অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতি* (কাছাড় : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, ২০০৫) লা : ২৯।

৪। পোৎশঙবম শাগৈগী মৈহৌবরোল, লা : ১০।

৫। মথক্কীসিদা, লা : ১৫, ১৬।

৬। "খম্নাংবা খুনগুমলোন" (খুৎই লাইরিক) ফংফম : নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক, ইম্ফাল।

৭। "কংলা হওবা" (খুৎই লাইরিক) ফংফম : চনম হেমচন্দ্র (খাবা) উরিপোক নাওরেমথোং তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল।

৮। "চীংঙুরেন্বী খোঙলূপ" (খূৎই লাইরিক) ফংফম : নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক, ইম্ফাল।

৯। রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি-কম (সম্পা), *শামু ফাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরুপন* (ইম্ফাল : রাজকুমার জয়ন্ত সিংহ, ১৯৭৫), লা : ৪২-৪৪।

১০। ডা: কুঞ্জেশ্বরী, *আর্কিওলোজি ইন মণিপুর* (ন্যু দিল্লি : রাজেস পব্লিকেসন্স, ২০০৩), লা : ১১৩।

১১। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা:), *চৈথারোল কুম্বাবা* (ইম্ফাল : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ১৯৮৯) লা: ১০২।

১২। নাঁমৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ, অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, ব্রহ্মচারিময়ুম কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা। *মৈতৈ বামোন হৌরকফম* (ইম্ফাল ঃ অরিবম সনাহনবী দেবী, ১৯৯৫), লা : ১৮০

১৩। ডা: হাওরোংবম রাজমনি, *মণিপুর অমসুং মণিপুরী সংস্কৃতি*, লা : ৪৫।

১৪। *চৈথারোল কুম্বাবা*, লা : ৭১।

১৫। মথক্কীসিদা, লা: ৮৪।

১৬। মথক্কীসিদা, লা: ১২১।

১৭। *Historical and Cultural Relations Between Manipur, Assam and Bengal* (Imphal . Manipuri Sahitya Parishad, 1986), Pp. 12, 13

১৮। শৌগাইজম থানিল, *নট সঙ্কীর্ত্তণ রাগ পুংলোন* (ইম্ফাল : ১৯৯৯) লা: ৭।

১৯। *চৈথারোল কুম্বাবা*, লা: ১৪০।

২০। মথক্কীসিদা, লা: ১৬০।

২১। উপেন্দ্র গুহ, *কাছাড়ের ইতিবৃত্ত*, (গুৱাহাটী : অসম প্রকাশন পরিষদ, ১৯৭১), লা: ১৩৮।

২২। কুমারী রঞ্জনা দেবী, *মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণ*, (ইম্ফাল : অইবী মশা, ১৯৮৩), লা : ৩৩।

২৩। অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, *মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তণ বিচার* (ইম্ফাল : অইবা মশা, ২০০২), লা: ১০৩,১০৪।

২৪। তাকপীরকপা ওজাশিং :

রাংখেম প্রহ্লাদ (চহী ৯১) লক্ষীপুর, খুনৌ, কছাড়, উনজবা নুমিৎ ১১।০৩।০৫

মোইরাংথেম বাবাতোম্বী (চহী ৮৭) মালুগ্রাম, কছাড়, উনজবা নুমিৎ ১২।০৩।০৫

মুতুম বাবা (চহী ৭৩) বনতারাপুর, কছাড়, উনজবা নুমিৎ ৮।০৩।০৫।

২৫। *চৈথারোল কুম্বাবা*, লা : ৬২৬।

২৬। তাকপীরকপা ওজাশিং :

পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, উরিপোক, ইম্ফাল, ৩০।০১।২০০৪।
য়েংখোম লৈরীখোম্বা (চহী ৯৫) বনতারাপুর কাছাড়, ৫।৩।২০০৫।
মুতুম বাবা (পুং য়ৈবা চহী ৭৩) বনতারাপুর কাছাড়, ৮।৩।২০০৫।

২৭। মহারাজকুমার শ্রীহেমন্ত কিশোর দেব বর্ম্মণ বি.এ. বাহাদুর, *মৃদঙ্গ লহরী* (ত্রিপুরা : অইবা মশা, ত্রিপুরাব্দ ১৩৫২)।

২৮। শ্রীলৈমাপোকপম লাকপতি সিংহ (সম্পা:), মৈতৈ নট সংকীর্ত্তন নৈনবা (অনিশুবা শরুক) (ইম্ফাল: গুরু গুলাপী নট সংকীর্ত্তন একাদেমী, ক্বাকৈথেল, ২০০৩), লা: ২২৬।

২৯। তাকপীরকপা ওজা :

থিংবাইজম বাবু, চহী ৮৩, পোত্থারবা প্রধান গুরু জে.এন. মণিপুর ডান্স একাদেমী, ইম্ফাল, লৈফম উরিপোক নাউরেমথোং, তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল। উন্নজবা নুমিৎ ৮।৮।২০০৫।

৩০। তাকপীরকপা ওজা :

পদ্মশ্রী শৌগাইজম থানিল, চহী ৬৯, প্রধান গুরু, জে.এন মণিপুর একাদেমী, ইম্ফাল, উনজবা নুমিৎ ২৬।৮।২০০৫।

## ২। মৈতৈশিংনা ঈশৈ জগোইদা শীজিন্নরম্বা খূৎলাইশিং

ঙস্লিঁঙে মতমদগী হৌনা মৈতৈশিংনা হরাও-কুম্মে, লাইগী থৌরম থৌদোক্কী মতাংদা শীজিন্নরম্বা খূৎলাইশিং য়েংবা তারবদি - উদা শুদুনা মখোল থোকহনবা, শঙন্দা য়ৈদুনা মখোল থোকহনবা, চীন্না কামদুনা মখোল থোকহনবা, লেন্দুনা মখোল থোকহনবা, অসিনচিংবা পনবা য়াই। অসিগুম্বা খূৎলাইশিং অসিগী মনূংদসু উদা শুদুনা মখোল থোকহনবা অসিনা খ্বাইদগী ইহান হানবা খূৎলাই ওইগনি। মসিগী মতুংদা শঙন্না পূং তিংদুনা পুথোরকখি। পূং অসি *চৈথারোল কুম্বাবা* অমসুং *নিংথৌরোল লম্বুবা* লাইরিক অনীসিগী মতুংইন্না মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোক্কী মতমদা পুথোকখিবনি হায়না পল্লি। অদুবু খুয়োই তোম্পোক্কী মমাঙদগী হায়বদি য়েলহৌঙেদগী মৈতৈশিংনা পূং শীজিন্নরম্বগী খ্বাফমদি 'পুদিন' নচিংবা অরিবা লাইরিকশিংদা পল্লম্বা থেংনৈ। পূং অসি অহানবা তিংবদা শঙন্দা মখূন হুৎলগা লীনা মরী ওইরগা তিংনরম্মী। মসিগী মতুংদা অমুক শঙন্না মরী ওইরগা চগো হাপ্পগা তিংবসু হৌদোরকই। অদুগা মৈতে লৈবাক্তা পূংমায়দা কাপ তৈদুনা শীজিন্নবা হৌরকপদি ঙল্লবদা গরিবনিৱাজ মহারাজ, থেঙলবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদগী হৌদোল্লকখিবনি। অসিগুম্বা মৈতৈশিংনা য়েলহৌঙেদগী ঈশৈ-জগোইদা শিজিন্নরকিলবা খূৎলাইশিং - উদা শুদুনা মখোল থোকহনবা, শঙন্দা য়ৈদুনা মখোল থোকহনবা, চীন্না কামদুনা মখোল থোকহনবা অমসুং লেন্দুনা মখোল থোকহনবশিং মখাদা মথং-মথং থমজরি।

### উদা শুদুনা মখোল থোকহনবা খূৎলাই মখল

মখল অসিগী খূৎলাই অসিনা মণিপুরদা খ্বাইদগী ইহান হানবা হরাও কুম্মৈনচিংবদা শীজিন্নবা খূৎলাইনি হায়না থাজনৈ। পূং তিংবা হৈত্রিঙৈগী মতমদা

মসিনা মরু ওইনা খূৎলাই অমা ওইনা শীজিন্নরম্বগী খূদম হৌজিক হৌজিক মণিপুরগী অন্দ্রো অমসুং ফয়েংদা উবা ফংলি। মশক মওঙ অমসুং শীজিন্নফম খেন্নবা মতুংইন্না মখল অনী উবা ফংই। মদুদি ১। খোং অমসুং ২। হোওন।

১। **খোং ঃ**

চীংয়েনসিন কৌবা উ মপূম মকক অমগী মবুক্তা শাংনা মখোল থোক্লবা মওঙদা কোৎথোক্তুনা শেন্নগা অতোপ্পা চৈনা শুদুনা মখোল থোকহনবা খূৎলাই অমনি। মসি লমদম অসিগী নাৎকা থাদোক্লবা য়াদবা খ্বাইদগী লিরবা খূৎলাইনি। মসি হৌজিক ফাওবা অন্দ্রোদা পনম নিংথৌগী শঙলেন্দা লৈরি। 'খোং' অসি চাওরাক্লা সে:মি: ১৬৪ রোম শাংবা অমসুং কোনবনা সে:মি ৮৮ কোল্লি। মতোন নৎত্রগা মচীনলোমদা চিংথোক-চিংশিন য়ানবা সে:মি: ৫ মুক শাংনা নারেং হুত্তুনা থম্মি। মসিবু শুনবা লম অমগা থাগাইরোম শাংবা অপীকপা খূৎনা পায়বা য়াবা উ পাম্বীদগী লৌদুনা মচৈ তরেৎ তরেৎনা খূজিং ওইনা মচৈ কুনমাথোই শুক্কী মওঙদা শেম্মী। 'খোং' অসি থম্ফম হোংদোক হোংজিন, লেঙথোক-লেঙশিন তৌবা য়াদে নুমিৎ থা মশক উবা য়াদে হায়বগী থজনবী লৈ। মসি শঙলেনগী মনীংথংবা শরুক্তা থম্মী। লমতা থাদা পনম নিংথৌ হরাওবা মতমদা নিপাশিংতনা 'খোং' অসি ফিবান্দা শুই। মসি শুবা মতমদা অখঙবা নিপা অমনা ঈশৈ হল্লগা ময়াম্না খুমদুনা ঈশৈ হল্লি। মসিদা শক্লিবা মরু ওইবা ঈশৈদি লৈবাক মরা তপ্পবা, ঙাহোং-চাহোংনবা, খুঞ্জাও লৈচাওনবা, পুন্সি নুংশাংনবা শকপা ঈশৈনি। 'খোং' অসি মখল অহুম শুই, মদুদি — খাখোং, লাইখোং অমসুং মরোংখোংনি।[১]

২। **হোওন ঃ**

মসি অন্দ্রোশিংনা শীজিন্নরিবা 'খোং' গা মান্নবা মমিংতা খেন্নবনি হায়বা য়াই। অদুবু খরা খেন্নবা লৈতবদি নত্তে। মসি লৈহাও নৎত্রগা উনিংথৌ উপূম মকক অমগী মবুক্তা লাওবা মফম মান্নদনা মখূল অহুম থোক্লা হায়বদি উকক্কী মতাই অনীরোমদা চাউনা হল্লগা ময়ায়দা পীকশিন্না

শেম্মী। 'হোওন' দি ফয়েংগী শঙলেনগী মমাঙথংবা শরুক্তা থোঙজিন হেক চঙফমগী ওই থংবরোমদা থম্মী। 'হোওন' শুনবগী চৈদি মচৈ অনী অনীনা খৃজিং ওইদুনা মচৈ তরুক লৈগনি। মসি ফয়েংগী পাখঙ অমসুং লৈশাবীশিংতনা 'লোয়শঙ কোয়বা' থাগী পানখৎলকপা মতমদগী থানিল ফাওবগী মনুংদা অফবা নুমিৎ লেপ্পরগা পাঙথোক্লরম্মী।[১]

## শউন্দা য়েদুনা মখোল থোকহনবা খৃৎলাই মখল

য়েনবা খৃৎলাই (পুং) অসি শউন্না পুংমায় ওইরগা মরীল হোবা উদা লীনা মরী ওইরগা খরা থেংথরক্লগা ৱানা চগো শেন্নগা শউন্না মরী ওইদুনা শীজিন্নরকখি। অসিগুম্বা য়েনবা খৃৎলাই অসি মখল অনী থোক্লা মণিপুরদা লৈ। মদুদি – পুংমায় নামতা পানবা অমসুং পুংমায় অনী পানবা। মৈতৈশিংনা শীজিন্নরম্বা অমসুং শীজিন্নরিবা পুং খরদং পনবা তারবদি – তানয়ৈ পুং, লাংতৈ নৎত্রগা লাংতেপুং, খুনপুং, লাইপুং, পানা পুং, হরাও পুং, লানপুং, পাউজেল পুং, অরিবা পুং (বঙ্গদেশ পুং), মৈতৈ পুং, ধোলক, খোন, পাখোৱাজ, নাগনা, ধোল, দফৎ, খঞ্জরী অসিনচিংবা পনবা য়াই। মথক্তা পনখ্রিবা পুং—হরাওপুং, লানপুং অমসুং পাউজেল পুং অহুমসি মশক মওঙ মান্নরগা শীজিন্নফমগী মতুংইন্না পুংলোন অমসুং মমিং খেন্নবতনি।

৩। তানয়ৈপুং ঃ

তানয়ৈবা লোয়শঙগী থৌরোইনা মতম খঙনবা য়ৈবা পুংবু তানয়ৈপুং কৌই। মসি চাওরাক্লা সে:মি: ৭৪ মুক ৱাংই অদুগা সে:মি: ৬৫ মুক পাকপা পুংমায় অমত্তা পানবা পুংনি। ৱারুনা নীংথিনা ইৎথোক্লুনা নানহল্লগা য়ৈনৈ। মসি শীজিন্নবগী মওঙদি খুদেং অমদা ঈশিং থন্না হাপ্লগা মনীং হুৎতোকপা (অহোবা) তেংকোৎ অমা খুদেংগী ঈশিংদা তাউহনগনি। তাওহল্লিবা তেংকোৎ অদু অহোবা অদুদগী চঙলকপা ঈশিংনা লূপশিল্লকপা মতমদা অতোপ্পা তেংকোৎ অমমুক শীন্দুনা তাউহনগনি। খুদেংগী মনাক্তা য়াংদৌবী য়াংদৌবী কৌবা মফি থোংদবা লাই নিপা-নুপী অনীগী শক্তম উগী ফম্পাক্তা মখোঙ অনী য়ুংলগা মখোঙ

অনীদা য়াইরীনা লেঙশিল্লগা থম্মী। লাই অনীসিগা লোয়ননা কাংখিল নিপান খকসু য়াইরীনা লেঙশিল্লগা থম্মী। তেংকোংনা ঈশিং থন্দুনা লুপখিবা খূদিংগী কাংখিল অমমম কানশিনগনি। য়াংদৌবীদি লেঙদনা লৈগনি, য়াংদৌবনা অমমম চঙশিনগনি। অসুম্না কাংখিল নিপান শুনা কানশিনবা মতমদা য়াংদৌবা য়াংদৌবী অনী থেংনগনি। লাই অনীসি থেংনবা মতমবু পূংলুপ নিপান শুরে য়ুথক অমনি হায়না লৌনৈ। পূং অসি য়ৈবা মতমদা মাগী মাগী মতমগী মতুংইন্না পূংলোনসু খেন্নৈ। নোংঙান পূং য়ৈবগী পূংলোনগা য়াচঙ পূং য়ৈবগী পূংলোনগা য়ৈবগী মরোল মান্নৈ। নুমিৎ য়ুংবগী পূংলোনগা নোংয়ায়গী পূংলোনগা মান্নৈ। নোংঙানবা অমদি য়াচঙবগী পূংলোন্দি দং-দা-দং-দা অসুম্না লোইরগা দং-দং-দং-দং মরিরক্তুং য়ৈগনি। অদুগা নুমিৎ য়ুংবা অমসুং নোংয়ায়গী পূংলোন্দি দং-দং অনীরক য়ৈরগা দং-দং-দং অহুম্লক য়ৈগনি। তানয়ৈ পূং অসি হৌজিক্তি উদ্রে, অদুবু অন্দ্রোদা মুতুবা বহাদুরগী ম্যুজিয়মদদি লৈরি।[৩]

৪। **লাংতৈ নৎত্রগা লাংতেপূং ঃ**

খোংগী মতুংদা লাংতৈপূং অসি গুল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা মৈতৈশিংনা শীজিন্নরকই। হৌজিকসু উমংলাই হরাওবদা শীজিন্নরি। মসি মরু মনাউ নাইদে, য়ৈবা মতমদা নাকল অমনা খূৎনা অমসুং অতোপ্পা নাকল অমনা চৈনা য়ৈনৈ। লাংতৈপূং অসি চাওরাক্লা সে:মি: ৫১ মুক শাংই, ময়ায়না সে:মি: ৪০ রোম্লি। মসিদগী হেন্না চাউবা অমসুং পীকপা পূং লৈতবসু নত্তে। তোপ-তোপ্পা অমনা হৌজিক হৌজিক অন্দ্রোগী হরাওবা অমসুং লাই তানবা মতমদা শীজিন্নরিবা লাংতৈপূং অসি অতৈ মতমদা শীজিন্নরিবা পূংদগী মশক তোঙাল্লি। অন্দ্রোগীদি মৈতৈ পূংগুম্না ফি য়েত্তবা য়াদে। পূংগী মশীংসু অকক্লবা মশীংতমক থম্মৈ, হেন্দোক্লা থম্নদে।[৪]

৫। **খুনপূং ঃ**

খুনগী থৌদোক-বাথোক অঙম-অথৌনচিংবা শিবা মতমদা য়ৈনবা পূংনি। অন্দ্রোদা পূং অসি চাওরাক্লা সে:মি: ১৫০ রোম শাংই। ময়ায়না




সে:মি: ৫৫ রোম পাকই। ফয়েংদনা সে:মি: ৯০ [illegible] ১৫০ রোম শাংই। খূনপূং অসি মমায় অনীমক শীজিন্নে অমসুং মফম মতমগী মতুংইন্না থাংদোক-থাংজিন তৌবসু য়াই।[৫]

৬। **লাইপূং ঃ**

পূং অসি লাইগী থৌরম-থৌদোক্কী মতমদতা য়ৈনৈ। হৌজিক অন্দ্রোগী পনম নিংথৌগী শঙলেন্দা লৈ। মসি থাংদোক-থাংজিন য়াদে। শঙ মনুংদা মখোঙ মরি য়ুংদুনা কাঙথক শারগা মমায় নাম হাইগৎলপ তৌনা থম্মী। পূং অসি অঙৌবা ফিনা কোয়না য়েৎশিল্লি। চহীগী ওইনা লমতা থাদা হরাওবা মতমদা মসিগী ফিরোই শিন্দোকই। অদুগা য়ৈবা মতমদা নাকল নামতা য়ৈ। 'থাশি লুবাক' হায়না খঙনবা থাশি খূদিংগী পাঙথোকপা লাইগী শোরাৎতা খূনগী খূল্লাকপা অমদি ফম্নাইবশিংগা লোয়ননা পাঙথোকই। পাঙথোক্লিবা থৌরম অসিগা মরী লৈননা থাসি নুমিৎ ওইরে খঙনবা পূং অসি য়ৈ।[৬]

৭। **পানা পূং ঃ**

অন্দ্রোগী খুঞ্জাশিংনা অহল্লূপ অমসুং নহারুপ পানা হায়না খায়দোক্লুনা খুনগী থবক থৌরম পাঙথোকপা ঙম্নবগী শেম্মী। পানা অনীগী ওইনা পনম নিংথৌ হরাও পূং মনাক্তা অহল্লূপ অমসুং নহারুপ অনীগী তোঙান তোঙানবা শঙ অনী শারিবা অসিগী মনুংদা পানা পূং হায়দুনা পূংজাও অনী লৈ। মদুদি অহল্লূপ পানাগী পূং অমসুং নহারুপ পানাগী পূং, পূং অসি চাওরাক্লা সে:মি: ১৫০ রোম শাংই। মসি পানাগী ওইবা থৌরম থৌদোক্তদা য়ৈনৈ। পূং অসি লৈহাউ উনা শাবনি, পূংমায়না শন্দং মঔন্নি অমসুং মরীনা ঈরোই মঔন্নি।[৭]

৮। **হরাউপূং ঃ**

হরাউপূং অসি তোয়না য়ৈনরমদে। করিগুম্বদা নিংথৌ অঙম অথৌগী মচানিপা পোকপা মতমদা হরাওবা ফোঙদোকপা ওইনা য়ৈনৈ নৎত্রগা শা-লান ঙম্লকপগী মতমদসু য়ৈনৈ।

৯। লানপূং ঃ

অতোপ্পা লৈবাক্না লান্দারকপা মতমদা লৈবাক প্রজাদা চেকশিন্নবা হায়দুনা লানপূং য়ৈনৈ। অদুগা করিগুম্বা মফম অমদা লান চৎলমদাই অমসুং চৎনবগী থৌরাংগীদমক্তসু লানপূং য়ৈনৈ। লানগী মনুংদসু লানপূং অদুমক মতাং মতাংগী মতুংইন্না য়ৈনবসু য়াওই।

১০। পাউজেল পূং ঃ

পাউজেল পূং অসি লৈবাক নিংথৌগী য়াম্না মরু ওইবা পাউজেল পীবা মতমদা য়ৈনৈ। করিগুম্বদা শেম্বূংনা য়ৈনবসু য়াওরম্মী।

১১। অরিবা পূং ঃ

অরিবা পূং অসি নট সঙ্কীর্ত্তণ থোরক্লবা মতুংদা থোনবা মমিংনি। মসিবু বঙ্গদেশ পূং হায়নসু খঙনৈ। মরমদি বঙ্গদেশ পালাগী কীর্ত্তন তৌবদা মসিনা য়ৈনৈ। পূং অসি বঙ্গদেশতগী পুশিল্লকপদি নত্তে। মৈতৈগী ওইবা মওঙনি, বঙ্গদেশ পালাদা য়ৈবগীদমক বঙ্গদেশ পূং হায়না খঙনবগী বাতনি। পূং অসি হৌজিক হৌজিক লৈবাক শীনবা থুংনা য়ৈনদ্রে। গোবিন্দগী পালা লোয়শঙদা লৈ। অরিবা পালা নৎত্রগা বঙ্গদেশ পালাগী গোবিন্দগী থৌরমদা হৌজিক হৌজিক য়ৈনরি। পূং অসি হৌজিক ঐখোয়না উরিবা নট সঙ্কীর্ত্তণগী পূং অসিগা মশক চপ মান্নে।, তৌবতবু চাউবা শাংবা খরা হেনবগা লোয়ননা মখোলসু খৈন্নে।

১৩। মৈতৈ পূং ঃ

শ্রাদ্ধ-কর্ম, লুহোংবনচিংবদা য়ৈনরিবা পূং অসিবুনি মৈতৈ পূং হায়না খঙনরিবসি। পূং অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মতমদগী লৈরক্লবনি। বাং, উরাংমৈ, হৈনৌ, থৈবোঙনচিংবা উনা শানৈ। শন মউন্না মরু মনাউগী মমায় ওইনৈ, শন্দং মউন্না মরী ওইনৈ। ধর্ম্ম-কর্মগী থৌরম থৌদোক্তা

য়েবা মতমদা পুংগী পুংয়োম, থাঙ্গও মরীনচিংবা নীংথিনা লৈতেংবীদনা য়েবা চৎনদে। পুং অসিবু পুং য়েরিবা কলাকার খুদিংমক্না পুংবু ঈশ্বরমক্কি খন্না ঈরাংনৈ।

১৪। **ধোলক ঃ**

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা হোলি শকপা হৌদোকখিবদা ধোলকসু য়েনবা (বাদ্য যন্ত্র) খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবা হৌব্রবনি। মৈরৈবাক্তগী পুশিল্লকপা যন্ত্র ওইরবসু মৈতৈগী ওইবা মওঙ অমদা শেমগ্রবনি। মৈতৈগী ওজা কয়ানা ধোলকী রাগ, ধুমেল, ধোলক চোলোম থাংগী খোঙলোন, তাগী থেঙ্গৌরোন কয়াদগী শেমদুনা মৈতৈগী লূ-তোংদা চঙখ্রবনি। পৃথিবীদা মণিপুরী জাতিবু মশক তাকপদা ধোলক চোলোমনসু অচৌবা থৌদাং লৌরি।

১৫। **খোল ঃ**

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সনা হাক্তক্তা মনোহর শাই শকপা ওজাশিংনা বঙ্গদেশতগী পুশিল্লকপা পুং মখল অমনি। পুং অসি উ অমসুং লৈবাক অনীমক্না শানৈ। পুংগী মনাওনা য়াম্না পীকশিনবা অমসুং মরুনা ধোল্লকী মরুগুম্না পাকই, কাপতি ধোলক্কুম্না পুংমায়গী ময়ায়দতা থাদে, মমায় থুংনবা পাক্না থায়। মখোল অসিসু মীরৈবাক্তগী পুশিল্লকপা ওইরসু মৈতৈগী ওইবা পুংলোন কয়ামরুম লাইগুম্লবা ওজা কয়ানা শেমদুনা হৌজিক ফাওবদা য়েনরি।

১৭। **পাখাব্রাজ ঃ**

পুং মখল অসিসু বঙ্গদেশরোমদগী মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ হাক্তক্তা চঙলকপনি। মসি খোলগা মওঙ মান্নে। ঢব পালাদা মসি য়েনৈ, অদুগা ঝুলোন অমসুং দূর্গা পূজাগী নুপী পালাগী ফমশক্তসু য়েনৈ। 'পাখাব্রাজ' হায়বসি আরবিক মিংনি। মসি মতম অমদা হিন্দুস্থানী সঙ্গীতকী ধ্রুপদনচিংবা ঈশৈ অমদি জগোইদা মকোক থোংনা য়েনরম্না

পুং মখল অমনি। পুং মরুগী মমায়দা কাপকী মহুত্তা য়ৈরমদাইগী মতমদা মখোল শেম্বদা নীংথিনা থীংলবা য়াম তৈনৈ।

১৮। দফৎ ঃ

মমায় নামতা ওইবা সে:মি: ৩৫ মুক পাকপা, শউন্না মমায় ওইবা, উনা শাবা চগো অমদা য়োৎপীনা অকোয়বা ফাজিল্লগা খূৎ ওয়না কোন্দুনা চগোদা পায়রগা ওয়গী শগন্দা থমদুনা খূৎ য়েৎনা য়ৈবা মখলগী খূৎলাইনি। মসি অয়াম্বা হোলি শকপা মতমদা শীজিন্নৈ।

১৯। খঞ্জুরী ঃ

মহারাজ চূড়াচান্দ সনা হাক্তকুগী হৌনা হোলিগী যোগী পালাদা খঞ্জুরী শীজিন্নবা হৌই। মসিসু দফৎকুম্না মমায় নামতা পানবা উনা ফ্রেম চল্লগা শউন্না মমায় ওইরগা ফ্রেমগী অকোইবদা য়োৎপীনা ফারগা শেম্বা য়ৈনবা খূৎলাই অমনি। মসি দফৎতগী য়াম্না পীকই। খূৎলাই অসি খূৎতনা য়ৈগনি হায়বা লৈতে। কনাগুম্বা হৈশিংবা ওজাশিংনা খূৎলাই অনী খূৎনা পায়রগা খূ, খ্বাঙ, শগনচিংবদা থেংহন্দুনা মখোল থোকহন্দুনা জগোইগী মওঙদা য়ৈনবসু য়াওই।

২০। নাগনা ঃ

মমায় হোবা উদা পূংমায় অনী পান্দুনা য়ৈনবা খূৎলাই মখল অমনি। মসি ধোলদগী খরা পীকথবা অদুগা শাংবা খরা হেনবা পুং মখল অমনি। মসি তখেলদগী মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা মুলহৌবনি। বসন্ত হোলি মতমদা য়ৈনৈ।

২১। ধোল ঃ

মসি নাগনাদগী চাউখৎপা মওঙনি শউন নৎত্রগা মরীল চৎলোইদবা থৌরীনা মরী ওই। বসন্তগী হোলি অমসুং লুহোং খোংদোংবদা

শীজিন্নরি। মীরমদগী পুশিল্লকপা খূৎলাই ওইরবসু খোল পায়দুনা চোলোম তৌবা অসিদি মৈতৈ নত্তনা অতোপ্পা জাতি অমত্তনা তৌবা ঙম্মদ্রি।

## শেন য়েদুনা নৎত্রগা নীক্নুনা মখোল থোকহনবা খূৎলাই মখল

মৈতৈ লৈবাক্তা ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা শেন্না মখোল থোকহন্দুনা লৈবাক্কী থৌরম-থৌদোক কয়াদা শীজিন্নরম্মী হায়বসি মৈতৈগী অরিবা লাইরিক কয়ামরুমদগী খঙবা ঙম্মী। হৌজিক ফাওবদসু ধর্ম্মগী ওইবা থৌরম থৌদোক হরাও-কুম্মৈ কয়াদা মরাং কায়না উরি। শেন্না মখোল থোকহন্দুনা শীজিন্নবসি মওঙ অহুমদা উবা ফংই। মদুদি (ক) খূৎ য়েৎ-ওয়না মশক মান্নবা খূৎলাই অমমম পায়দুনা য়েরগা মখোল থোকহনবা, (খ) খূৎ নামনা খূৎলাই পায়রগা নামনা য়েনবা ফিবুন নৎত্রগা চৈ পায়রগা য়েবা, (গ) খূৎ নামতা নৎত্রগা অনীমক্তা নীক্লগা মখোল থোকহনবা।

১। **শেন ঃ**

'শেন' হায়রিবা শেঞ্জেংনা শাবা খূৎলাই অসি মণিপুরদা ঙল্লিঙৈ মতমদগী লৈরক্লবনি। নিংথৌ অমসুং অঙম-অথৌ শিবদা পোৎলোইফম তান্না পুখবদা তরেৎ শেনফাং য়েদুনা পুথবগী থ্রাফম *নাওথিংখোং ফম্বাল কাবান*চিংবা লাইরিকশিংদা ময়েক শেংনা পল্লি। হৌজিক ফাওবসু ফয়েংগী উমং লাই হরাওবদা য়েদুনা শীজিন্নরি।

২। **শেনবূং ঃ**

শেনবূং অসিসু শেঞ্জেংনা শাবা ময়ায়দা ফিবুন থাফম অতোংবা অমা লৈবা য়েনবা খূৎলাই অমনি। মসি লাই হরাওবদা য়েনবা থেংনৈ। মৈতৈগী দূর্গা পুজাগী মতমদসু লাইগী থৌরমদা য়েনৈ। মসিগী থোইদোক্না অকক্লবা মরোল অমা লৈতে। খূৎলাই অসি নোংপোকলোমদগী চঙলকপনি অমসুং মৈতৈশিংনা 'তরেৎ খোইদোংবা' হায়নসু শিংথানৈ।

৩। **তরকাং ঃ**

তরকাং হায়রিবা কাঙশিগুম্মা য়ৈনবা খূৎলাই মখল অসি ম্যান্মারগী বুদ্ধগী পেগোদাদা শীজিন্নরিবা অদুগা য়াম্মা মান্নে। মসি পিথ্রাইনা হৈরগা শেম্বনি। হৌজিকসু মণিপুরগী হিন্দুগী লাইশঙ খরদা শীজিন্নবা উবা ফংই। উমং লাইদা মরুওইনা শীজিন্নবা মফমদি ক্বাথাদা কালেন থাদা নোংপোক পাম্বোইবী হরাওবদা শীজিন্নে।[৮]

৪। **তেৎনৌ য়োৎখিং ঃ**

য়োৎ মরাক ময়ূং নাইবা, মতোন্দা মচিন অনী নাইবা, অদুগা য়োৎ মঁচে অমনা য়ৈরগা মখোল থোকহনবা মৈতৈশিংগী অরিবা য়ৈনবা খূৎলাই মখল অমনি। মসি হৌজিক ক্বাথা হায়না খঙনরিবা মণিপুরগী লমদম অসিদা মীওই অমনা শিবা মতমদা য়ূমগী লময়ায়দা খাঙেনফম মপাদা উচুক মরি য়ৈদুনা ফকলোং থারগা অশিবা অদু থম্মী। অদুগা ইমুং মনুংগী মীনা হায়রিবা খূৎলাই 'য়োৎ' অসি খিংদুনা হান্নবা লৈখিদ্রবা লাই ওইথ্রবা অহলশিংদা মীওইসি অমং য়াইথোং কূমলে হায়না কাসা পাউতাকই।[৯]

৫। **কাঙশি ঃ**

পিথ্রাই নৎত্রগা শেঞ্জেংনা সে: মি: ২০ দগী ৩০ মুক পাক্লা, সে:মি: মখায়গী মুক থানা হৈরগা ব্রারুনা য়ৈবা মখলগী খূৎলাই অমনি। মসি পানা হৈরা হায়দুনা মওঙ মখল অমসু লৈ মখোলদি নুংশিবা ব্রাৎলি। খূৎলায় অসি গোবিন্দ অমসুং মৈতৈশিংগী বামোন লাইশঙশিংদা শীজিন্নবা উবা ফংই।

৬। **শরীক ঃ**

পিথ্রাই নৎত্রগা শেঞ্জেংনা হৈরগা শেম্বা, নীক্লগা মখোল থোকহনবা খূৎলাই মখল অমনি। মসি মাইবীশিংনা মৈতৈগী লাইথৌ-তিনথৌ তৌবা লাইমাঙ ফম্বা অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা লাই আরতি তৌবা মতমদা শীজিন্নে।

